# ভারত-চনু

(লারোশ অহুমশুবা)

মীনকেতন -



# ভারত-চন্দ্র

(লায়োন অহুমশুবা)

অরেংব

কাব্য-নাট্যকৃৎ

শ্রীমীনকেতন সিংহ

সদস্য, মনিপুর ষ্টেট এডুকেশন ষ্টেণ্ডিং কমীটি ;
„ মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ;
„ মনিপুর সংস্কৃত পরিষদ ;
„ মৈতৈ এরোল খোংগল মরুপ ;
„ মহারাজ চূড়াচাঁদ প্রতিষ্ঠিতা বিবোধ-জননী সভা।

ফরোন-হারা

শ্রীথুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,
মেনেজর, ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস্,
ইম্ফাল।

 মমল লুপা—২.৫০

অফোঙবা—

শ্রীকোয়জম ইবোবী সিংহ,

ওইনামথিঙেল,

ইম্ফাল।



অহানবা ফোঙবা—১৮৭৪ শকাব্দ

অনব—

শ্রীথুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ,

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল।

# খূদোন-তম্ব

জয়,

শান্তি নংশু,

ইপানা লৌরিবা মায়ীসে চিন্তামণিগীনে, লৌভাগীনে, ধরাগীনে, পদ্মাবতীগীনে অদুগা ক্ষমাবতীগীনে মুপী মঙাগীনি। মখোয় অসা করি করি ওইনা থন্নুগম্মু। করিনা মাথন্ন পঙ্গা সাবা শক্তমঙাক্ত নৌঙ্গম্মু। ঙসি নখোয় পোক্লিবম্মুমদোনা নোংমা পোকখিবঙাক্কনি। মখোয়গীশু নখোয়গীদোনা চাক্কৌ ঈশিঙ্গী মৈথু লাংব, সুগী তোঙ্গী হকচাংনি। অদুনা, মখোয় মখোয়গী মীরোন মীয়োনগা লোইনমন্নকম থোকপনা অহুম লোইমিন্নথ বঙাক্লি।

লাক্লবদা হনবা, হনথবদা কাউবা মহৌশানি। নবোইবেম্মনা নখোয়বু লুনা চান্ন তৌজরম্মু; নখোয়নশু নপন্নায় নথন্নায়না সুংশিন্দখি। হৌজিক নখোয় মুংশিবা শক্তম অদু নীংসিংভিবরা? নীংসিংভইরোই। করিনা! মবুক্তগী ভাবা ইপামক্তদা মাথন মনা তামাশক্লক্লে। কয়া কাউজন থীখবা ইপাইচা ঐখোয়মসে! কাউজন অমুক থানরবা ইপাহচা মীওইবা ঐখোয়না মীওংসিং অসিবুদি কাউনদ্রিবসা করিগীনো থঙনীংদ্রা!

মুপী নিপাগী লাইনা থাবা থোঙবুনি। থোঙ লায়নরুবা নিপাগী থোঙকম অচুম-অরান য়েংব, চুম্নগা লমথোবা, লান্নগ লমজুপ, মাঙলগা লমতাকপা, নীংহন-চারগা মথো হাপ্প, থমায়-হকচাং-পুক্নীং ম্নাওনা শনফম য়োনা পুবা মহাক্কী থোগাইনি। ঙস লাচল্লবা মীওংশিং অসী হায়রিবা থোদাং অসী নীংথি-নীংথনা তৌথিবদগী মীওইবনা ফিদম ওইনৈ; তত্তনা মায়রোং থানৈ। অদুনা মতম মখোয়গী বাথন মীওইবগী থম্মোইদগী মুথৎপদা কোকপা নৈত্রবনি।

জগৎ অসী সুংশিদরা ? নখোয়গী ওইবশিংন নখোয়বু কাউনহৌগনি থম্লুবদা নথম্মোইদা অবাবা পোকত্রা ? কাউনহন্লোরোই হায়রবদি শিনা শিনা শিত্রবী ভারত্ত নমাচাশিংসিগী মরক তিনবা ওয়নবা হোৎনৌ। হোৎনগে নীংলবদি মথোয়না থাজ্জিবা খোঙফম নীংথিনা লীগদবনি। পাণ্ডু, থঁঙ্., থন্দুনা শান্নৌ, নথম্মোইদা অপাম্ব অমা পোক্লকনি। অপাম্ব পোক্লক্লবদা নখোয়গী নথম্মোইদা থুপ্লিবা ঈশ্বরনা লম্বী শোয়দনা য়ানবি-রক্কনি। লম্বী অরূদা খোঙদাবা হৌথরবদা মাঙবা নৈররোইদৌবনি। হক্কৌ মপোক্ত থঙদে, মপোক অমদা থঙদে, চামগী মতুংদ থঙদে, নখোয়গী খোঙফম অকন-অশোন মতুং ইয় অমুক্তং শিদবা খূভম ফংবদি শোয়ত্রবনি।

ওইনৌ লম্বী নখোয়গী দমক্ত ইববা ইপাগী ভারত-চন্দ্র; পীনবা ওইসন্থ নচীয়নাপদা খোজানগী মশক ওইরবা ঈশ্বরনা নোংম

শিদবা খুভম।

ইম্ফাল,
থবান নিন্দু ৎনপাম্র চনবা,
জন্মাষ্টমী, থুমসকৈসা।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মঙ্গল
শ্রীমীনকেতন সিংহ

# করিগী ই

**'সাহিত্যরহিতঃ পঙ্গু মূকস্তর্ক বিবর্জিতঃ'**

লুপী সংসারনি। লুপীগী দোষগুণ সংসারগী দোষগুণনি। লুপীদা দোষনা মপুং ওইরগা সংসার মাঙি; গুণ মপুং ওইরগা সংসার কৈ। সংসারগী কাব পুন্থগী মরম ওইরবী লুপীনা সাহিত্য বাক্তুনা মপুঙ্গিদা লম্মুক্লগদবা অমাদ ত্যাগগী পারোন উদতনা অচুম-অরান শকথনন-কোইদোবা শকক থরদং কোক্লরবাদ থল্লবদগী

**মানুষো হি অনুকরণস্য দাসঃ**

হায়রব ঋষিবাক্যসী নংসংতনা লৌরুবান

'ফদম ওইবী ভারত-চন্দ্র থরদঙ্গী মপুঙ্গি খোঙফম।

থগান নিন্দং লৈপা ম চনবা,
জন্মাষ্টমী, যুমসংকেস।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মীনকেতন।

# য়াওরিবা

# অশোয়বা সেম্ব

| | | | |
|---|---|---|---|
| লামায় ২.... | হরিচন্দ্র | .... | হরিশ্চন্দ্র |
| „ ২৬.... | তারুপদা | .... | তারুকপদা |

# ভারত-চনু

# চিন্তামণি

অযোধ্যা ঙসিদি উত্তরপ্রদেশকী পীক্লবা সহর অমনি। লাইনঙৈদা অচৌবা কোন্নুং ওইবম্মী। কোন্নুং অদুদা শাগে অমা বুইন পানখি। সূর্য্যগী ধারানি হায়দুনা সূর্য্য-বংশ কৌই। বংশ অমা সত্যগী মনাইনি। সত্যগী দমক্ত অবাবা মৈনংনবদা লাচুংবা লৈত্রবা নিংথৌ ঙাক্ত পোকই। অমদি সত্য-হরিশ্চন্দ্রনি।

হরিশ্চন্দ্র মহারাজ নোংমা মৃগয়া লেংথোকই। লমদাংন বিশ্বামিত্রগী তপোবন্দ তাকরে। মুংশা হাইগৎলকপগী চাকপগা শক্তি-শঙাই তান্নকবগী মাবগা ঙহাক পোথানাংদুনা তপোবন মপুংদ লেঙশিল্লে। মফম মুঙাঙবা অমা যেংদুনা পোথাগেদা চৌরিঙৈদা 'নঙ-ন ওইসি বাজন্!' হায়বা খোঙ্গেন অমগা থবোয়নবা মঙানগী মশক ওইবী মুপা অহুম চাংথোক্লক্লে। নখেংগী মবা ঙাইদনা 'ইমাখোয় বিদ্যা অঙাম্ম। বিশ্বামিত্রনা তপস্যা পরে থাদুনা ইমাখোয়বু ফাবিবে; ইনাং তমজবা

ঙমদ্রে। বৎস হরিশ্চন্দ্র, নহাক্কি ধর্ম্ম চৎপ নিংথৌনি। চুম্নদা চৎপা নত্তে, খঁঙি, ধর্ম্মগী মশক্ত্রাক্কি। নহাক্ক নশাগী ধর্ম্মদা ইমাখোয়গী মঙ্গল ভারবদি ইমাখোয শোযদনা নাম্মোকপা ঙম-গনি। তাত, নহাক্ক ঙসি লাক্লিঙেসিদা ইমাখোযবু থাদোক্লম্মু।' হাযবকই।

হবিচন্দ্র ধর্ম্ম চৎপ নিংথেনি। চুম্নদা চৎপ নত্তে, বদাইদ অমদি করিদা শক্ষে অমত্তং শোযখিগদগে য়েংন চৎপ থম্মোযনি। চৎফম থোকপা ধর্ম্মগী দমক অরাফম পুম্নমক কোকথোংনগনি চৌংবা পুকচেন্নি। চঙজবা কনবা ক্ষত্রীয়গী ধর্ম্মনি। মঙোন্দ চঙজরকপশিংন করি মায়থুকনঙাই লৈ! বিদ্যা অহুম বল্লুবদা বিশ্বামিত্রদা লঙবা থোক্কনি খঙন খঙন 'ঐনা নিংথৌগী ধর্ম্ম শক্ষে অমা কান্দনা চৎলক্লবা, ভগবন্, পীনবিসি মুক্তি মাত্ অহুমগী' কৌরক্লে ভগবান সত্য-হরিশ্চন্দ্র।

ধর্ম্মস্ত ভগবান্নি, তপস্যাস্তু ভগবান্নি। হরিশ্চন্দ্রগী ধর্ম্মনা বিশ্বামিত্রগী তপস্যাগী পবে হল্লে: বিদ্যা অহুম অরাফম কোক্লে; নিংথৌবু মঙ্গল তোবমগা ক্লমিৎকী মঙান্দ তিনখরে।

সনানা মগুণ লৈরুবদগী কোন্সং-মৈফম মৈনংনৈ। হরিশ্চন্দ্র মগুণ লৈবা নিংথৌনি। চাংয়েং-মৈফম মৈনংনদনিঙাই করি লৈ! বিশ্বামিত্র বিদ্যা অহুম উদবদা ঙহাক ঙকই। যোগনা য়েঁঙকপদা থাদোকপা মীশক খঙলে। শাউবনা মৈ থোক্লে। পম্থবা তৌদনা অযোধ্যা কোম্নুং তম্ন য থরক্লে, য়োরে। নিংথৌনা কৎপ অঘ্য লৌনা লৌনা 'রাজন্, চঙজবা কনবা ধর্ম্মনা ত্রিবিদ্যা

থাদোক্লে, নিজবা পীবা ধর্ম্মনা নঙ্গী লৈবাক এৈঙোন্দা দান তৌসিদনা' হায়রকই শংত্রিক য়েংদুনা বিশ্বামিত্র। নিংথৌ মুনিগী মবুক উরে। ধর্ম্ম ওইবা ভগবান নীংসং দান তৌগে য়ারে। অঙম-অথৌ, রাজ পুরোহিতনচিংবা পূম্নমক্ক থাম্ব পূম্ব সুপ্নম নম সংকল্প তৌদুনা দান তৌরে।

বিশ্বামিত্র শাপ তৌগে লাকপনি। অচেংব ফংননবা মীনা নিনবা হৌনদবা দান নিবনি। অদুবু ধর্ম্মদা অধর্ম্মনা মায়থুফম থোকপনা মমায় থুরে। চৈফম ফংদরে। অমরোমদনা নিংথৌগী দাননা মহাকী থোয়দৌদা লাইরেল মখোয়দা তৌ থাবগুম তীং শোক্ক য়ৈবক্লে। অচাকপা মৈদা ঘা হৈরে মমাঙহল্লগে নীংলদুনা অচেংব অমা অমুক য়েংখৎলক্লে। "অঙকপনি নংগী ধর্ম্ম রাজন্! সূর্য্য-বংশদদা থোকপা ধর্ম্মনি। দান অমা তৌরবদি দক্ষিণানা লোইশিনফম থোকই হায়বা খাইনা খঙনরিবদুমঙাই। তৌজিক্তি লোইশিন্নবা তৌরসি; অদূগা অসীমগা নীংসংবিসি, রাজন্, রাজ্যদি দান তৌথোক্লবনিনা সনা হকচাংদা পকপা পূম্নমক ফাওবা য়াওরবনি। নচা ইবুঙো অমদি লৈমগী মরমদসু অদু-মঙাই। থাংজেৎ থাংজেত্তদি মমন হল্লগা কোম্নবিথিবা য়াগনি।" হায়থরক্লে মুনি। "চুম্মি মুনিদেব, দক্ষিণাগী রাথল তৌহৌদবনা শোয়রে। ঙসিদগী তরেৎনিদদি ঙাইবিগনি" হায়না হায়না নিংথৌগী সম্পোৎ পূম্নমক থারে। "সত্যগী মনাই ওইবা সূর্য্যবংশনি। বংশগী মর্য্যাদা কায়দনবা তৌবিসি রাজন্!" হায়না নিংথৌবু বিদায় তৌরে মুনিশু।

নিংথৌ লৈমা চিন্তামণিগা মচা ইবুঙো অঙাং ওইরিবা রোহিতাশ্বগা অনৌ কৌথোক্লে ; ঙহাক্তা মমুংদ থোকখিবা থৌওং পুন্নমক ভয়ে। "নিংথৌগী থৌগাই লৈমা ওইনা য়াজরক্লবী চিন্তামণিবু ঙসি লম্বাগী চাক্লিবগী থৌগাই চাক্লিবী ওইনা পুজবা পীনৌ স্বামিন্! মুপী ওইবাগী নাংথিবা সহধর্ম্মিণী মিংথোল মুৎহনবিগনু।" হায়না হায়না লৈমগী সপ্পোৎ পুন্নমক থারে ; মচা ইবুঙোগী পুন্নমকসু লৌথোক্লে। খাংজেৎ অমমমদগা নিংথৌগী থৌগল ভৌরক্লে অরা-অনঙ্গা থোঙফমদা মচা ইবুঙো থাদা কোন লৈমা চিন্তামণি।

অঙকপনি সংসার, ঙহাক্তা মমাংদা সনা টাংবল লাঁউম্ব হরিশ্চন্দ্র, টাংবল নাপ্ল য়ারম্বা চিন্তামণি, সনাগী মথক্ত ওক্ষা থিনবগুম য়োক্লকপা রোহিতাশ্ব অনৌশুবা কি য়াঙদনা চৎলক্লে নগরগী পন্ত লান্দুনা বনগী লমদম। চাবা লৈতে, থকপা ভৌদে, হিপ্ল নাইদে ভূম্ব খঙদে বারানসীগী থোঙফম ভাল্লক্লে।

বারানসী য়োরে। লৈম নিংথৌ অনানা কোয়জেন চেন্দুনা শেল থোকফম য়েংলক্লে। অমত্ত ফংখিদরে। মুমিক্তি নোংম নোংমগী হৌজিনখিবনা লেরক্লে। দক্ষিণা শোয়রবদা হরিশ্চন্দ্র সত্য কায়বা ভারি। সত্য কায়বগী পাপতি মশানা ভাজবনি। সূর্য্যবংশ চিংথবা ভারি। "ঐগীদি মুমিৎ থানা মুক্তিমথৈ নরক্ত ভারবশু লায়, সূর্য্যবংশগী মিংচক্তি ইহাকথংদগী মাঙহৌবা ভারেদকো ভগবন্!" ধর্ম্ম ওইবা ভগবান কৌরক্লে রাবগী পন্দোম্লোয়রবা হরিশ্চন্দ্র।

মপুন্নোইবগী অরাবা উবদা মথম্মোই পুঙমদরে চিন্তামণি। ধর্ম্মগী দমক্ত অরাবা মৈনংনরবা মপুন্নোইববু করি করম মৈকন-গদগে খল্লক্লে লুরুক্লনা সতী। চিন্তামণি ধর্ম্ম চৎপী মুপীনি। ধর্ম্মগী খোঙফমদা মপুন্নোইবগী থৌগাই নাকপাক য়াবনা মুপীগী অথোইবা ধর্ম্মনি খঙবা মুজানি। খঙবদা নত্তনা মফম, মতম, মরম পূন্নমক্ত য়ারক্লবী মহাক্নি। মহাক পুন্সি খোঙলোয়নরিবা হরিশ্চন্দ্রনা করি ধর্ম্ম ঙাকপা ঙমদফম লৈ! "করি অদুক রাবিরুরি স্বামিন্। দক্ষিণা করিগী লৈরোইদগে? মুপী মপু-রোইবগী মরন্নি। য়োনবিসি চিন্তামণি; অশিৎপা শেন্ন দান-ধর্ম্ম লোইশিন্নবিসি। ইপুন্নোইবা লৈবা ওইবনা ইশানা ইশাদি য়োনবা য়ারোইদোরে। নীংক্সিংনবিগমুসি স্বামিন্, ইপুন্নোইবগী ধর্ম্মগী দমক চিন্তামণিগী দেহ য়োনবিসি।" হঙ্গৎলক্লে মপু-ন্নোইবদা সতী।

চিন্তামণি য়োল্লে। নিংথোগী মচান্নুপী চিন্তামণি মীনাই ওইরে। সূর্য্য-বংশগী মৌ, হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী লৈমা চিন্তামণি ধর্ম্মগী খোঙফমদা মৈনংনরবা মপুন্নোইববু মৈকন্নবদা নাইফম চঙলে।

ওইখি অসূম লৈমা চিন্তামণি মপুন্নোইবগী ধর্ম্ম নাকপাক য়াবদা

নাই শৈব্যা।
পীখি মায়রোং ভারত-লৈমবোনগী
হাপখি নাপল মুপী শাগৈগী।

# সীতা

অযোধ্যা উত্তর-প্রদেশকী লমখৈদনি। সরয়ূ তুরেলগী মপান্দনি। থায়না মসী অচৌবা কোম্নুং ওইরম্মী। তাক্ষম অদূগী কোম্নুং অচৌবশু অতুম মওই। কোম্নুং অদূদা পানখিবা শাগৈদি সূর্য্য-বংশ কোই। বংশ অসী ইক্ষ্বাকু-বংশশু কৌনৈ; রঘুবংশশু হায়নৈ। লাইগী ডমথং ওইবা নিংথৌ ডাক্ত পোকই। মখোয়না তৌথোরকপা পূন্নমক যুগকী ফিদমদা ওই। মখোয়গী মীনা তানডমদবা মগুণ অমদি সত্য চেৎপনি। সত্যগী দমক্ত মীনা পুডমদবা অরাফম কোম্ল পুন্নৈ; মথরায়মক থাবা তারবদসু লায়না থায়। অদূনা বাল্মীকিদগী হৌনা কালিদাস, ভবভূতি, ভর্ত্তৃহরি, তুলসীদাস, কৃত্তিবাসনচিংব অচৌ-অচৌবা ভারত-কবি-শিংন মখোয়গী রারী-রাখোঙনা মখোয়-মখোয়গী কাব্যশিঙ্গী মচাক ওইনৈ।

দশরথ মৈচঙবা শাগৈ অসীদা পোকপা নিংথৌনি। লৈম অহুম্ন মচা ইবুঁঙো মরি পোকই। রামচন্দ্রনা অহন্নি। মহাক অসী মশক-মতৌ মপা লৈতনা ফজে; মতিক-মগুণ হায়নঙাই লৈতনা লৈ। মপাবুং মহারাজনা মহাক পোকচমন মুঁঙাইজবমুক লৈবাক্ন মুঁঙাইনৈ; মহাকপু মুংশিজবমুক মুংশিনৈ। মচীন-মনাও শিঙ্গী অহন ওইবগা, মশক মতৌ ফজবগা, মতিক-মগুণ লৈবগা, লৈবাক্লিংথৌনগা চপমান্নবা য়াবগা মপাবুঙ্গী মতুংদ নিংথৌ

খুভমদি মঙোন্দ তাহোবা তাথি। অদুনা লৈবাক্লিংথৌ অনী তান্নহনা মহাকপু নিংথৌ অথুবা থিন্দোক্লবা থৌরাঙ্খি।

হয়েংদি রাম নিংথৌ অথুবা থিন্দোক্লগনি হায়বা মুমিৎকী অহিংগী রানি। দশরথ মহারাজ মচা ইবুঙোগী অভিষেককী লাঙনঙাই পুন্নমক লাঁওম্মগা লৈমা অথুবী কেকয়ীগী শঙ্গায়দা পোংথাগে লেঙশিল্লি। লৈমনা মনাই মুপী মন্থরাগী থৌইন্সিদগী নিংথৌনা শম্বরগী লানফমদা লান্সেন্নঙৈদা পীগনি তাকপীখিবা বর অনীদা ঙাহনা, অমনা মঙাক্ল পোকচবা ভরতপু নিংথৌ অথুবা থিন্দোকপিয়ু অদুগা অমনা রামবু চহী তবামরি লোই থাবিয়ু হায়না তক্লরক্লে। নিংথৌ তাকখ্রবা য়াথংনিনা হন্দোকপদি য়াদরে; পীয়ু হায়বা অনীদি পীবা মতারে। অদুদা লৈবাকী অমদি মরাল লৈজদবা মচা ইবুঙোগী খল্লবদগী বর মহুৎ নিননবা কয়া থেমহনা নৌহনা হোৎনখি। লৈমনা য়াবা মরৈথিদরে। হায়দোকখিবা রাফম মথরাযমক চেন্নবা তারবঙ চেন্ননা ঙাকপনা রঘু শাগৈগী চংনরকপী ওইবদগী দশরথ নিংথৌ মথরায়মক ওইজরবা রাম বন থাহনা ভরতপু যুবরাজ হাপ্পদা তারে।

নোঁঙাল্লে। নিংথৌ থোগনপাউ থাহনা মচা ইবুঁঙো রাম কৌহল্লরে। খ্রক কংলবা থম্মোই ক্রক ফাহনা "ইপাই ইবুঁঙো, ইপাগী থম্মোইগী রাম, শম্বরগী লানফমদা নমানা ইপাবু লান্সেন্নঙৈদা পেন্দুনা বর অনী পীগনি, নিনীংব মতমদা নিজো হায়দোকউরে। ঙসি কল্লক-খম্বন চাউববী লোম্নবী থম্মোইনা নঙী য়াইফরম উবদা থাঁঙমদহনা নংবু লোইদা থাউ,

মচাবু নহুৎ পীরু হায়রি। সত্যাগী মনাই ওইবা নবুধো ইবুঙো-শিংন চৎনরকপা ইপাবু কায়হনগে কায়হল্লোই হায়বা নঙ্গী নখুত্ত লৈরে। রাম, নতম্বাক্ত ইপা চৎকে নীংবনি, বিধাতানা তন্নমত্রমাল্লে” থারক্লে য়াথং। সত্যাগী দমক্ত নিংথোগী মিৎকী পি মমিৎন অত্তম চুপ পিরাংদ মঙায়খি।

রাম সূর্য্য-বংশগী ঈনি; দশরথগী মচানি। কৈনা তোকপা পোকপ্রা! মপাবুং মহারাজগী অরাবা কোকে নীংলে। “পাবুং মহারাজ, পাবুঙ্গী রাশক, ঐহাক ইশাগীনি; পাবুঙ্গা ধম্ম ঐহাক ইশাগীনি; ইমাগী নীংব থুংননবা ঐ লোই কুমগনি; ইনাওদা খুভম শিন্নবিগনি। সনাপুক্লীং রাবিগনু; ঙসি পীনরিবা টাংবন মাঙনাইবা সনাগী নত্তে ধর্ম্মগীনি; ঙসি পীনরিবা লৈবাক পীক্লবা অযোধ্যা নত্তে, সমুদ্রনা থাঁওবাৎ ওইরিবা ইথৎ তরেৎনবা পৃথ্বীনি। অসীদগী হেনবা খুভম করম্ব মপানা মচাদা পীবা ঙমখিবগে; চৌজিকস্ব তুংদগু ঙম্মরোইদবনি।” অসী হঙ্গৎ হঙ্গৎন মপাবুং রাথিগনি কিবদগী মিৎকা পি মিৎন চুপ বিদায়গী ভক্তি কল্লক্লে। সত্যাগী মফমদা চোপকনি কিবনা মিৎকী পি মিৎন চুপ মচা ইবুঙো মিৎকুপ্পনা চিংন য়েংহুনা পেনখ্রবা থম্মোইগী খোম্নাইদবা বর মকোক্ত হৈথরক্লে।

রাম বন লেঙবা তারে। মমা ইবেম্ম কৌশল্যাদগী বিদায় লোরে। মনাও ইবুঙো লক্ষ্মণ বিদায় পীয় য়াদরে; ময়াম্বুঙ্গী থোগল তৌগনি হায়দুনা বনগী খোঙফমগী ফীরোয় হোংখরে। হৌজিক্তি মচীন-মনাও সীতাগী মফমদা বিদায় লোবা লেঁওক্লে।

রামচন্দ্র শঙ্গায় য়োরে। পরপ পরপ মন্নুংদ লেঙশিল্লক্লে। মনাও ইবেম্ম সীতা য়েংতুনা "জানকি, পাবুং মহারাজনা অযোধ্যাসীদি পীয়ল্লি হায়তুনা পৃথ্বী পীনরক্লে; সনা টাংবন্দি মাঙবা নাই হায়তুনা ধর্ম্মগী খুভম থাবিরক্লে মুঁঙাইত্রা। অদূগা মুঙাইবা অমনা চহী লাক লাক তপস্যা তৌবদা ফঙমদ্রবা খুভম অসীবু চহী তরামরিদা, মুপ্পগী তরামবিথক্ত দণ্ডকারণ্যদা তপ তৌরুরগা ফংজৌ তাকপীরকইবনি। করম্ব মপানা অসীবু মচাদা পাবা ঙমখি! ইপাদনা সত্যগী মনাই ওইবনা ঙম্মিবনি। য়াইফবি, ঐনা দণ্ডক্ত তপস্যা তৌখ্রিঙৈদা নহাক কোম্নুংদ মঙ্গল কামনা তৌবম্মু। মুঁঙাইবগী খোঙফমদা পম্থবা য়ারে, বিদায় পীরো।" মুংশিনা মোমোন নো"না বিদায় নিরক্লে।

সীতাদা থোগ্রগদৌবসী হান্ন ফাওরবান। নিংথৌগী থৌগন-পাউ লাক্লবদ মপুরোইববু যাত্রা-মঙ্গল তৌতুনা লেঙথোক্লম্লগা রাজলক্ষ্মী পূজা কৎলি। হোম কৎন কৎন হোমাগ্নি মরক্ত কুইনা শিথৈ। মমৈদা য়েৎলোইনবা মৈশং নিংথিবা ফাওতুনা পূর্ণাহুত পী। অদুনা মপুরোইবগী মঙ্গলগী খোঙফমদা খুন্নু মখোঙ শমৌবগুম অকায়বা অপনবা কয়া থেংনগদৌরি হাযবা উরবনি। জ্ঞানগী মশক্মক ওইরবী জানকী বিধাতানা মুঙাইব অয়োবীদি অরাবগী মশক ওইনা পীনৈ খঙবনা ঈশিং অকুবগুম মবুক তপ্পা "পাবুং মহারাজনা করম্ব সত্যগী মখা পোন্দুনা ঙসি ইবুঁঙোবু চহী তরামরি বন্দ থাগদৌবিবা!" হঙ্গৎলকই। রাম মরম পুন্নমক তাক্লুনা হন্ন বিদায় নিরক্লে।

সীতা থম্বান্ন মুমিত্ত হেদৌনজবগুম মোমোন নোক্ন নোক্ন "ধর্ম্মগী খোঙফমদা চৎকে নীংলগা মহাকপু করম তুংওইনগ-দৌরিবা! মপাগী সত্য মচাগী নি; মপুরোইবগী ধর্ম্ম মুপীগী নি। জানকীনা করি ইরান লৈরদুনা ধর্ম্মগী খোঙফমদা ইবুঙোনা থৎপিগদৌরিবা? ঙসি পাবুং মহারাজগী সত্য ঙাকপগী শরুক য়াদুনা সহধর্ম্মিণীগী ধর্ম্ম ঙাক্কনি। মুপীগী ধর্ম্ম মপুরোইবনা শেনগদবনি। লেঁঙো লেঙসি।" মৈথিলী মপুরোইবগী বন থোগনগী দমক লোইরে।

উর্ থোল্লে জটা পুল্লে লেঁংঙে সীতা বন্দ উনা যাহিপ্পবে, উরু মোনখাংনরে। লোক্কা ঈশিং ফান, বনগী উহৈ হা মপু-রোইবগী থোগল তোরে ধর্ম্মগা রারবা চহী তবামবিগী খোঙ-ফমদা। শজি-শঙাই মকপ ওই, উচেক-রায়া রারী শা, হৈগা লৈগা তায়োন্ন জনক নিংথোগা মমোম, দশরথ নিংথোগী মমৌ, রামচন্দ্রগী তালোয়, বৈদেহী মপুরোইবগী ধর্ম্মগী শরুক য়া তাখি

দণ্ডক-বন।

উৎখি দুপী-শাগৈদা মুপীগী ধর্ম্ম
শরুক য়াবনি মপুরোইবগী ধর্ম্ম।

---

# ধরা

ভাগীরথী, গঙ্গা তুরেনগী মমিং অমনি। সূর্য্যবংশগী নিংথৌ ভগীরথগী মমিং লৌতুনা থোনবনি। ঈচেম্নাইবা তীর্থশিংদ মসীনা মকোক্নি। মসীগী মপান্দ থায়না কোম্নুং অচৌ-অপিক য়াম্ন লৈরম্মি। অমদি বারানসীনি। হায়রিবা মফম অসী হৌজিক্কি বনারস কৌনৈ। কাশী হায়নসু খঙৈ। উত্তর-প্রদেশকী লমখৈদনি। কোম্নুং অসীগী মচি অমদা ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাও পাল্লম্মি। মীপানা দ্রোণ অদুগা সুপীনা ধরা কৌই।

হৌজিক গ্রেজুয়েট হায়না খঙনরিসী থায়নদি স্নাতক হায়না খঙৈ। দ্রোণ স্নাতক অমনি। ওইবদা মঙায়রি। হেক ওইবগা ধরা লৌতুনা মযুম পানখৎলিবনি। মহাক অসী নহাদি ওইরগা শনথুম পামদে। মঙোন্দ জগৎকী ঈরাং চঙদে। অফংব পন্দ লুপ্পিল্লুদনা ফংদবদশু মিতাক্লব তৌদনা ইকোম কোম্ন অতুম পাল্লি। নোংম নোংমগী অফং অফংবতুনা যুগ্বানবগী হৌনবা মজু মঙা তৌনৈ। খক কায়দে, কদাইদা কায়খিগদগে য়েংন চৎলি। ধরা সুপাদা সুপীনি। মপুরোইবগী পোইরৈদা য়েংতুনা চৎলি। কদাইদা অমদি করিদা মহাক নোপখিতুনা মপুরোইবগী ধর্ম্মদা অকায়বা থোকখিগদগে কিনা চৎলি।

নোংম দ্রোণ চাকথিব চথোকখিগ্রৈগী রানি। মযুমদা অতিথি অশুম লাক্লে। নিপা অমগা সুপী অমগা অঙাং অমগনি।

য়েংবদা মপা, মচা, মমানি হায়বা অদুম খঁণ্ডি। ধরা প্রপ প্রপ ইমুংদগী থোক্লুনা মখোয়বু তরাম তরাম ওকখি। "ঙহাক্কুং পোত্থাবিসি, ঐগী ইপুবোইবা হল্লরগনি, হল্লক্লগা অঙম্ব সেবা তৌজগনি।" হায়না হায়না কুশগী ফক পুথোক্লুনা ফম্ন্দল্লে।

অহুম অদু ঙহাক ফম্নে। দ্রোণি হল্লক্রে। 'ইমা, নীনি হুম্নি পুক্ত করিমতা তারক্তবনা যাম্না ঋারে। এখোয় মফম অমদা য়েঙু রগে' হায়রক্লে; হায়না হায়না তৌগৎলক্লে অহুম্মক। অদূমকপু ধরানা হায়জমনবদগী অমুক ফমথরে। দ্রোণ মহল্ল'ক্র। 'ঐখোয়বু অমদশু অমদশু শোয়বা তাবে; থাদোক্লে, খংগম্ব ইমা,' অমুকস্ম হাযরক্লে। হাযক্তুনা অমুকস্ম ফমথবে। অম্মুম তৌবনা থেঞ্জাং মবি মঙাদক শুগিনরে। দ্রোণ হল্লকপ মবৈ-খিদ্রে। মুর্মিত্তি অসুম অসুম চায়শিল্লক্লে। 'অতিথি হুম অসীনা হনখ্রবদা ধন্মশু বায়বা তাবে, অবাম-খোরাংবল ও হৎ-লবা থরায় অহুম্বশু শারুবগুম থোকপা তারে ববম্নো!' খল্লক্লে মবুক্ত ধরা। 'অতিথি অহুম্মক, মুমিৎ মুমিৎ খুদঙ্গ দি ঙসাইনা হল্লক্লবনি। ঙসিদি ঐগী ইরাইবক্কুরা করিনো থঙদরে হল্লকপা মবৈখিদরে। ঙহাক্কুংদদি পনবগী পনবা পন্থবিরমখো, ঐ সেবাগা পোৎলম খরদা ফংবরা য়েংজরুখিগে।' হায়রম্লগা থোঙাল্লোমদা থোকখ্রে।

ধবা থোঙাল রাংমদি লাল্লে। তৌফমদি থঙদে। নগরদা চেন্দুনা কৈথেল য়োরগা থোকপা অমা লাক্লগনি খল্লহুনা নগর তাবা লম্বীদা মৈথক নেংনা চৎলক্লে। কৈথেল য়োরে। কোয়রে

লৈহনা য়েঁঙকপদা চেং-চাক য়োনফম উরে। পোৎফম অমদা প্রপ প্রপ চঙসিনখিহনা পোৎফম-ফম্বিবহুদা "মহাশয়, নং ঙসি ঐঙোন্দ দয়া অমত্ত তৌ। অতিথি অহুম চাবা ওক্লবা চেং-চাক, থুমথাউ খরা পীয়ু। ঐ দ্রোণগী মুপীনি। ইপুরোইবা লৈতে, লাক্লগা তৌনফম থোকপা তৌনৌ। অতিথি-সেবাগী মহৈশু নহাক ফঙু।" হায়ক্লরে। মশকস্থ খঙদ লৈফমস্থ খঙদ কনানা মঙোন্দ পীবিগনি! ফংব লৈখিদরে। অদূবু কায়ফদবা অমদি কায়নীংদবা থবক্কীদমক্লি। ধরা মথং অতৈ অহুম চথরকই। মমৈথংদা পাখং অমগী শঙ য়োরক্লে।

ধরা ফজবা মুপীনি। নহানি। মশাদা অকে-অমৌ চঙদ্রবস্থ ফজবাগী ফজবদি মাঙবা লৈতে। থম্বানবু ইশংনা য়েৎলগা পিবরা! মহাক্লম্বী নীংথিবী উবদা পাখংহুনা করি মিতাদনীঙাই লৈ! মিতারে। ধরানা অতৈ অতৈদা হায়ক্লবহু মঙোন্দশু হায়রক্লে। অদূনা অচেংবশু ফংলে। হৌজিক্লি পাখং অদুন্না কোইনা লাং থাকতুনা মখুৎ চনবা য়ানবা রাঙাং ঙাংলক্লে। "ইবেম্ম, নহাক্ল অতিথি ওইনা ঐগী থোংদ লাক্লম্লবদি লায়রমগদবনি। নহাক্লদি শোৎপগী মওংদ লাক্লেদোসে। নশক নমিংনদি খঙদবনিনা শোৎপ পীথোক্লবদা লক্ষ্মী মীরায়বা থোক্তদৌরি। অদূনা অশকপা পোৎ অমওংদদি থনম্মুদনা।" হায়হুনা চিংন য়েংলক্লে। "মহাশয়, ঐগীদি নংন উরিবসিমঙায়, অনীস্থবা ফি ফাওবা য়াওদে। করিনা শকতুনা থনমগনি?" খুম্লকই। পোৎয়োনবা অদূনা তাশিন্নদনা মী অহুমদগী নওনা মরি মঙা

চাবা ওক্লবা য়োম্ন য়োম্ন "য়েংদুনা অদুম মতৌ; ঐখোয়দি লল্লোনবনিনা লক্ষ্মী মীরায়বদি য়াদে, মীরায়বা থোকহনগনু।" হায়না বেরে বেবে ঙাংথবকই। ধরা মুংবংনরে।

পোৎয়োম্ব লোইরে; মথং মথং লাম্তোকতুনা খিল্লে। "পুবো, পোৎশক অমত্তুং থনম্মো।" হায়রক্লে। "মহাশয়, ঐগীদি ইশা বুপ্নরিবা ফি অসীনা লোইবে। নঁঙোন্দ পোৎকী শকুনা থনম্নিঙাই পো'চ্ছক অমত্ত ইশাদা পক্তে। নংন পোৎ লাম্থোকই হায়বদুঙাই ঐগী তৌনঙাই করিমতা লৈতে। অদূনা পীবি হায়-বদুমঙাই পীদবগা অম্মানি।" হায়বকই রাবনা মমায় কাহৎলবী ধরা। "ফজবি! মীনা মিতা'নরবা, মিতানফমগু থোক্লবা নহাকী তাংথক নাইবা হকচাং লৈরিঙৈদা কবিবু রাৎপগে। তাংথক অমনা হেন্দোক্ল কোন্নবা পোৎনি।" খুমক্লে পাথং।

ধরা তাবদা খাই লাউ, মশা থক থক নীক খোঙফম খঙহোদনা নীংহন্নে। হেক হন্থবদা মযুমদা অরাম-খোবাংবনা তাহৎলদুনা ক্ষোবোম তাবগুম তাহৌবিবা মীকোক অহুমগী তোল্লবা মিৎফম উরে। মপুবোইবগী ধর্ম্ম কায়গদবা নীংসংলে। লাম্নব পুকফম অহুম রানা হনখিগদোবদু খল্লুবে। "ঐগী কর্ম্মগী ফল অতাবা অদুম মরৈরম্মসনু। মপুরোইবা লৈবী মুপীনা মীরান মায়োরবগী অরাফম লৈরম্ব পুম্নমক নম্বোনরুরগে। অতিথিশিঙ্গী সেবা তৌদুনা ইপুরোইবগী ধম্মদদি মকল্লম্মগে।" লেপ্লে মবুক্ত সতী ওইবী ধরা। "মহাশয়, নংনা মিতারুরিবা পোচ্ছক অসী লৌহোরো" হায়না হায়না হকচাঙ্গী ফি তথ্মাই

অমা হাইদোয়ক্লে; চঙকুনা পীরে। "নঙ্গী পাপকী থূৎন শোক্লবা হকচাঙ্গী শরুক অসী য়াওনা ধর্ম্মগী যুমদা ধর্ম্মদি তৌনীংদরে" হায়না হায়না কাংথক্ত তাবা থাঙ পায়খৎ ধর্ম্মগী মশক ওইবা ভগবানবু মথম্মোইদা চেৎন কোন মশাগী তাংথক তেয়ক্লে। মমতুনা লৈরিবা পাখং অতুদা "লৌহৌরো নঙ্গী পোৎকী অশকপা ঐগী হকচাং" হায়তুনা পীরক্লে। মথুৎ ওয়না মথবাক্ত ফৌজিন নমতুনা "ঐনা নঙ্গী দমক্ত, অমাংব রাখন চঙদনা তৌবমক ওইরবদি ধর্ম্ম ওইব ভগবন, অতিথি সেবা লোইবফাওবদদি ঈ তাহনগনু, হকচাং চোকথহনগনু" হায়না ভগবান্দ ঙাতুনা পোৎ পুতুনা মযুমদা লাক্লে।

কল্লবা থম্মোইনা অনাবা মৈচাক চুপ, চেৎলবা খুৎ ওয়না মথবাক খুম থোং থাকুনা অতিথি অহুম পেন্ন পীজতুনা মপুরোই-বগী ধর্ম্ম ঙাকখি

## ধরা সর্তা।

উৎখি তপস্যাগী গুণ মুপী শাগৈদা;
তাকখি ধর্ম্মগী গুণ ভারত-লৈমরোন্দ।

---

# পদ্মাবতী

নোংপোক বিহারবু থায়নঔদা অঙ্গদেশ হায়না খঙনৈ। অসুর-নিংথৌ অঙ্গনা পানখিবদগী কোনবনি। অসুরশিংন মরায় চায়খ্রবদা দেশ অসীদা নিংথৌ অমা পানখি। মমিংন কর্ণ কৌই।

কর্ণ মুমিৎন পাণ্ডব-পোকপী কুন্তীদা পীনবনি। নিঁঙোল ওইনা ফংবদগী হঙ্গোইখিত্নুা কোরি চফুদা হাপ্লগা যমুনা তুবেন্দ থাধে। শাথোবা শাগৈদা পোকপা অধিরথগী তালোয় রাধানা লোকতুনা য়োকই। অদুনা মহাক অসী সূত মচা কর্ণ হায়না লৈবাক্ত খঙনৈ। খঙনত্নুা কৈদৌনি। ফদিনা য়োম্লগা সনাগী মশাগী চেন্নরকপা মগুণ মাঙবরা! উৎন থুম্লগা মৈগী চাকঙম্ব মগুণ মুৎপরা! মরাইবক্ত পাথোঙ লংন পাথোঙ্গ মক্লবগু মশাগী মগুণ্ন ক্ষত্রীয়গী পরেংদ ফিদা অত্নুম মফঙ্খি।

মহাক অসী জামদগ্ন্যগী সেবক্নি। হাপ্পনবদগী গুরুনা করিগুম্ব অকায়বা লাক্কদরা কিবনা যোগনা য়েঁঙকপদা মহাকী মশক খঙ্খি। মশক্ত নত্তনা তুংদ ধর্ম্মগা অধর্ম্মগা অনীনা কুরুক্ষেত্রদা লাম্থিন্নরবদা অধর্ম্মগী নাপাক্ত মরাইবক্ত লেপ্লগদৌরি হায়বগু উখি। অদুনা মপাঙ্গল খরদং লৌথোকহৌত্নুা ধর্ম্মগী পাঙ্গল সেম্নীংবদগী দক্ষিণাদা য়েৎকী থুবী লৌহৌরবনি। অত্নু-মক্তদা তেনগাপ-তেন্থা মহন্দ্রবনি। ঙম্ব-তুবা অনীনা লেংব লানগী ওইবা ক্ষত্রীয় খোঙফমদা ঙম্মে ঙম্ব, তুরে-তুনা য়েক্লবা থম্মোইদা

অথুকপা হাপ্তবা লৈত্রবা নীপানি। য়াংলবা, মীনা ফঁঙমন্ত্রবা গুণ অসে মশাগী দান-ধর্ম্মগীগা য়েংনরুরবদি করিস্থ লৈতে। মহাক্তি দানগী মশক্নক্কি। মীনা সনা নিরে সনা পী; ষণ নিরে, ষণ পী; নাই নিরে, নাই পী; লম নিরে, লম পী। মতম পূম্নমক্ত মহাকী দানগী থোঙনা থিংব লৈতে। চঁঙকপা অমত্ত মথুৎ হাঙন হনখিবা লৈতে। স্বর্গগী কল্প-বৃক্ষনা নিংথৌগী মশক লৌত্থনা অঙ্গদেশত্তা হেক্তমক পাল্লবনি। দুপী-নীপা-অঙাং নাইদনা, ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষি থায়দনা চপমান্ননা মহাকী মগুণ শক্নখি, শোন্নখি, ঙাংনখি। কর্ণগী শংথোবা মচা কর্ণ মমখ্রে; অথোবা কর্ণগু তুংগুইনখ্রে; পীনহৈবা কর্ণনা মায়পুনহোরে। অঙ্গ-দেশতগী হৌরকপা "কর্ণদাতাগী জয়" হায়বা খোঞ্জেল হিমাদ্রিগী চীংমায়দা ফ্রক্লে, সমুদ্রদা য়ৈরক্লে, নোংথক ওক্লে। অদূনা মথম্মবরা হায়বব্ৰু খমদদূনা দান-ভগবানগী নাকোংদ পাল্লুরে। ভগবান পেল্লে। দায় পাল্লবা কর্ণগী মচু লোক্লগে নীং অঙ্গদেশতা থুংলরে।

দ্বাদশী নুমিৎনি। নুমিৎ য়ুঁঙমদাই তাঞ্জানি। ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-মুনি-ঋষি কয়ানা কর্ণগী কোন্নুং পারণগী পীক থনখ্রে। চৌৎলু-চায়ল্ল চম্নম্রে। দান্দনা মুঁঙাইবা ওইরবা নিংথৌ মশামক্ত কোয়জেন চেন, কোয়নোম নোম অতিথি ময়ামগী পারণ কদাইদা শোয়খিগদগে লাঙবা হোৎনরি। তাঞ্জা অসীদা থোংশংব অমা প্রেপ প্রেপ চঁঙক্লুনা নিংথৌদা "আয়ুষ্মন্, সনথোংদ ব্রাহ্মণ অতিথি অমা" হায়না হঙ্গৎলরে। য়ারোইবা ঙাইঙমদনা থীল্লে, করিগী

পহল্লিবনো ?" তাক্লক্লে য়াথং দানগী মনাই ওইবা নিংথৌ। থোঙশংব তহ্লন হনখি মিংন কুপ্পদা ব্রাহ্মণ অতিথি অমা পুশল্লক্লে।

অঙকপা ব্রাহ্মণি। য়েংবদা ব্রহ্মামক ওইরিব্রা নীংনৈ। মহাক্কী মমাঙদা হান্ন লৈরম্মিবা ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিশিং অদো থাগী মঙাল লাকপদা থরাম্মিচাক্কী শাগৈনা মঙান শিথবগুম ইমক মকথৈ। নিংথৌসু তিল্লম্মিবা মীপুম ‘ৃম্নমক্সু চপমান্ননা মকোক লোনখি। ময়ামগী ভক্তি লৌনা লোনা "স্বাইকবিসি রাজন্!" য়েংবা মথুং থাংহৎতুনা বন পীবকই! নিংথৌ মথুংমক্ক কুশগী আসন অমনা ব্রাহ্মণ ওকখি। হৌনবী মতু'ইন্না অঘ্য কৎখি। অঘ্য লৌনা লোনা "রাজন্, ঙসিদি নঙ্গাদা পাবণ তৌগে লাক্লিয়ে; অদুবু এৗনা কৎনা ঙিবা পোচক অমা ফঙ্গনি হাঙাই হায়বদবু খঙদ্রে" হায়রক্লে নিংথৌগা মফমদা ব্রাহ্মণ। ধর্ম্মন' লুক্রক্লতরবা কর্ণ মথুং তল্লোন মচুন' "এৗন' কৎপ ভম্ব পোকাদবু ওইরবদি ব্রাহ্মণগী পেন্নবা নত্তনি, কর্ণবমক চিংনবা লৈতনা তাকপাগনি।" খুমকই "অদুদি সত্য তৌ ঐ হুঙাইগে" অমুক হায়থরক্লে অতিথি। কর্ণ "হাঙ্গনা সাক্ষী ওইসনু, এৗনা কৎপ ওহমক্ত ওইরবদি, ইথরায়খাঙ, ব্রাহ্মণগী পেন্নবা কচ্চগনি।" সত্য তৌরে। "হুঙাইদা রাজন, নংনবু দাতা হায়না ফাওদবদি কনানবু ফাওগদগে" হায়না থাগৎ থাগৎন "রাজন্, ঙসি এগা পারণি মীশানা তৌগে নীংঙি, মীশাগু মশক নাইরি, নচা ঔনুঙো বৃষকেতুগী য়েংথংবা হকচাঙী শদোংন কৎকে

তরাগা হুমদোই চুপ্প তৌরক্লবা দান-যজ্ঞ ঙসি লোইবা তারে। পূর্ণাহুতিগী পোচ্চংদি বৃষকেতুনি। ঙসিগী পূর্ণাহুতিসীদা পদ্মা-কর্ণ অনীগী থৱায়শু পূর্ণাহুতি কত্তুনা যজ্ঞগী দমক পোক্লবা পুন্সি লোইশিল্লগদবনি। প্রিয়ে, থীল্লমু, ব্রাহ্মণগী পারণ মতম শোয়থিগনি” থম্মোইগী অৱাবা থম্মোইনা ফং, মিৎকী পি মিৎন চুপ, থারক্লে য়াথং দানগী মনাই ওইবা নিংথৌ। “মায়াগী সংসারদা মায়াদা থুদনীঙাই লৈতবনা স্বামিন্, ঙহাক মম্মুরমাল্লে; সনা-পুক্লীং মুংশোয়নবিগনু; নচা ইবুঙো পুজরক্লগনি, লেঙ-থোকপীরম্লসি” লৈতারবী মধুমালতী মপানবু লৈশংবনা লৈঙাক পীতুনা হাইগৎপগুম ধম্মনা ঙাক্লো থা কাঁঙমদনা কাঙলবী লৈমা পদ্মা মপুরোইবদা ভক্তি কৎলক্লে।”

বৃষকেতু যূপকাষ্ঠদা পুল্লে। দানগী মনাই ওইবা কর্ণ “দানশু নংনি, কচ্চরিবা ঐস্থ নংনি, লৌবি'রবা ব্রাহ্মণশু নংনি, কৎনরিবা ইচাশু নংনি। নঙী কম্ম নংন মপুং ফাহল্লু দান-ভগবন!” মিৎকী পি মিৎন চূপ হোরায় পায়খৎলে। লৈমা পদ্মাবতী গভগী তৌল, মথাগী অঙাং বৃষকেতুগী মকোক্ত থাবা হোরায় থম্মোইগী থম্মোই ফৃক্ল নীকৃলকপনা ফাঙমদনা নীক্লবা মমাগী খুবাং ধর্ম্মগী, মুপী ওইবীগী ধর্ম্মগী, মপুরোইবগী ধর্ম্মগী মশক ওইরবা পরৈনা অহুম তূনা ফা মতোন য়ারকৃলে। “জৈ দান-ভগবন্” হোরায় চিংলক্লে কর্ণ। “জৈ যজ্ঞেশ্বর” মথম্মোই শেৎ কায়না মথম্মোই মখুৎমক্ল লেন হোরায় ওক্লক্লে লৈমা পদ্মাবতী। “জৈ যজ্ঞ” মিৎস্না অনী উইশন্দুনা চৈনাখোল থাঙলক্লে নিংথৌগী মচা বৃষকেতু।

য়েঙক্লে মতু খ্যাউ খ্যাউ চুংননা দানগী মনাই ওইবা কর্ণ অদুগা ধর্ম্মগী মনাই ওইবী পদ্মাবতী অনীগী তুজুংন মুঙাইবা কূম্মে তিল্লম্মিবা পুন্নমক !

বৃষকেতু খাইবোক তারে। ধর্ম্মনা মরৈ পান্দুনা খোঙ্গুল তাদনা হোরায় লেল্লম্ব লৈম-নিংথৌ অনী মচাগী মশানা তুপ-খিতুনা খঙ্গোম কোম্মকপদা মচানা খাইবোক তাদুনা লৈরম্ব উরে। হৌজিক্সু অমুক সেমদুনা থোঞ্চিবা তারি। মরৈনা ঈনবা নূঙ্গী মূর্ত্তিগুম য়েথংব শরুক পায়খৎতুনা সেম্লক্লে। চহী তরাগা হুমদোই পাল্লকপদা কৎলকপা দান-যজ্ঞগী পূর্ণাহুতিগী দমক মথুৎন খায়রবা, মথুৎন সেম্লবা মচাগী, মহাকী গর্ভগী তৌনগী, মমা ওইবী মহাকী মথাদগী শেৎলবা অঙাঙ্গী মশা থোংতুনা কৎখি ব্রাহ্মণগী পারণ

নৈমা পদ্মাবতী।
তাকখি ভারত-লৈমরোন্দ
পুগদবনি পুঙমদবা মৈচাক ধর্ম্মগী
থাঙ্গদবনি থাঙমদবা মৈশা ধর্ম্মগী।

---

# ক্ষমাবতী

মালব দেশকী উজ্জয়িনী সহর অসী থায়নভৈদা উজ্জয়িনী মহানগরী হায়না খঙনৈ। মহানগরী অসীদা নিংথৌ অমা পানখি। বিক্রমাদিত্য কৌই। গুণ্ড মুমিৎনি; পাঙ্গন্দ সোরারেম্নি; মহৈদা শগোলশেম্নি; লেম্বদনা সনজীংনি। মতম অদুগী মহৈ-হৈবা পুম্নমক্কী তূংনফম্নি। ভূ-ভারতকী ফাওরবা পণ্ডিতশিংন মহাক্কী অঙম্ব ওই। মখোয়শিং অদুগী মন্নুংদ অথন্নবা মাপল অমগা য়াওরি। মখোয়বু মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী নব-রত্ন হায়না খঙনৈ। রত্ন অমদি বরাহনি। ভারত-জ্যোতিষকী জগত্ত ফাওরিবা বরাহ পণ্ডিত্নুনি।

বরাহ, পণ্ডিত ওইবশিঙ্গী হৌনশা ইচম চম্ন ব্রাহ্মণীদগা পাল্লি। লাইগী নোংদম্ন মহাক্কী ব্রাহ্মণীসী নীংথিজরবা মচানীপা অমা পোক্লম্লগা লৈত্রে। কুইথনা লৈরম্ব নত্রে, মচা পোকপা নোংম-নীনিগী মন্নুংদ অত্নুম মরৈত্রবনি। মীরোল লৈজদবনা বরাহ মশানা মমানা থনম্লবা অঙাং অসী হোৎনবা তাখি। মহৈ হোৎনবদনা মুঙাইজবা ওইরবা বরাহগী ম্রাবগী হায়নঙাই লৈত্রে। অদুমকপু মচা মুংশিবগা নমত্নুনা য়োকপা তাবগা অত্নুম মখাঙত্নুনা মুমিৎ খরা লেল্লক্লে।

নোংম বরাহনা মচা কোম্ন কোম্ন মচাগী মপুজি য়েঙকই। খোর্ব্বাক্তা উৎফুল চাইরগা খোর্জ্জেনা লগ্ন ফাত্নুনা অসুম অসুম

হোৎলকপদা অঙ্কগী থাকফম অমদা ময়েক খরা মুৎখিবদগী মপুন্সি চহী চামা তাকম খোকপদা তরাদা মতাররে। অদু উবদা "চহী তরা সুবদা মপুন্সি লোইররগদৌবা অঙাং অসীবু মুংশিরুদুনা ঐগী ইহৈ হোৎনবা কায়গদৌবগী শরুকপুদি হৌজিক্তগী কায়নবনা ফরে" খল্লকই। খন্ন খন্ন মচা পল্লদুনা শিপ্রা তুরেন মপান্দ য়োবে। তোর্ব্বান য়োরবদা খোঙ্গুল লাকই। "ঐগী ইচাসৌদি হৌজিক্যাক শিগদৌবা নত্তে, মপুন্সি চহী তবা লৈরি; শোয়দনা মসী হিঙু খিগনি। করিগী মরাল লৈতবা ইচা রানা থাদোক্লু গদগে!" খল্লক্লে। মযুমদা তহ্লন হঞ্জিন্দুনা কোরি চক্ষু অচৌব, অকোম্ব অমদা অমোনবা ফি থাবিরদুনা মচা হাপচিল্লগা তোববান্দ অমুক লাক্লে। "জে জ্ঞান ভগবন্, নঙ্গী সেবাগী দমক ঙসি ইচা থাদোক্লবনি।" হায়না হায়ন শিপ্রাগী ঈচেন্দ চক্ষু ঈস্তোক্লক্লে। তুরেনগী ঈচেল ঈবোয়নন চযুনা নোম্ম নোম্মদুনা তাউথখিবা উবদা বরাহগী পণ্ডিত-বরাহ মাঙ্খ্রে; মপা-বরাহ ফুগৎলক্লে। জ্ঞানগী কল্লবা মিৎলুদ পি শিন্থরক্লে। "ঈচেন-কনবী শিপ্রা। চক্ষু অদো লুপহনগম্লকো; চহী তরাগী চেং লৈবা মহাক্কী মফমদ নহাক্ল মমা শক্তুনা কোন্দুনা পুবিযক্কা ইচাদো।" হৌক্ল হৌক্ল শিন্নরক্লে। "করিনো ঐনা তোরিবসে!" হায়না মুরুম মুরুম শোন মমদুনা অদুম ফমথখরে তোর্ব্বান চাংজোদা বরাহ।

তাউথখরে কোরি চক্ষু। অঙকপনি, অমম্বনি সংসার! শিপ্রা চীঙ্গী তুরেন অঙাওবীনি, মহাক্কী তাথক্লবা ঈচেন্দ কৌবী-শীংনাং

ফাওবা লুপ্তবা লৈত্রবনি। অদুবু চফুহুদি লুপত্রে। শিপ্রা চীংলোন তম্নোন কয়া লান্ন চেল্লকুনা সমুদ্রদা তিনখরে। কোরি চফুহুদি তিনত্রে। সমুদ্রগী ঈথক চীংলোন কয়া লোক্লম কয়া থেংনরে, লুপত্রে। অসুম অসুম তাউখিবনা লঙ্কাগী তোর্ব্বান য়োখরে। মমানা থনম্লবা, মপানা হুন্দোক্লবা অঙাং চৌঙ্গী তুরেন অঙাওবী শিপ্রা ইরোয়ননা তাউথখি তাংথক্লবা সমুদ্র ঈপাক লান লঙ্কাগী মপু চন্দ্রচূড়না মচা শক্ল য়োক লৈমা বিলাসবতীনা মথা মুংদ কোন লঙ্কা-কোন্দ মিহির হায়না শান্নরুরে। নিংথৌগী পুরোহিত্ত মহৈ 'তমদুনা' জ্যোতিমন্ত 'থেংন হৈরে। জ্যোতিষ বিত্তানা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লবী নিংথৌগী মচানুপী ক্ষমাবতী নত্তনা মহাকপু নম্বীনিঁঙাই জগত্ত পোক্কনা হৈরে।

চহী তরাগা তক্কী মতুঙ্গী রানি। মিহির ক্ষমাবতীনা তাক-পীবদগী মরৈবাক খঙলে; মপাগী মমিংশু খঙলে। মরৈবাক অমদি মপা মশক উনীংবনা মপা শক্লবা নি থৌ, মমা শক্লবা লৈমা অনীবু থাদোক্লমদুনা উজ্জয়িনী তয়ক্লে। নিংথৌগী মচানুপী ক্ষমাবতীশু মশাক্কী তালোয় ওইনা ইম্নরক্লে।

ক্ষমা-মিহির উজ্জয়িনী থুংলে। সমুদ্র লম্বীদা থেংনরকপা নিংথৌগী চন্দন থিরুবা সোদাগরনা কোন্মুংদ পুশিনবিরে। মহাক মশানা খঙলক্লবা অমদি মমিৎমক্ল উরক্লবা জ্যোতিষী মতৈ-মনাওগী মগুণ মনিংথৌদা হঙ্গৎলে। মহৈ পান্নবা, মহৈদবু লুনা তৌরবা নিংথৌ হরাও-হরাও তরাম-তরাম ওকপীরে। মখোয়গী মগুণ য়েংনীংবদগী মিহির য়েঁঙদুনা "পণ্ডিত, ঐগী সোদাগরগী

মপাউদগী নহাক অসে সাক্ষাৎ অশ্বিনীকুমারমক্নি নীঙ্খরে। নহাক্ন ঐগী সভাদা হৌজিক্নক তিল্লিবা মীকোক মসীং হায়দুনা ঐবু পেহ্লনবা ঙম্নবদি ঐ স্বর্গ থূৎন লাম্বা ফংবমুক মুঙাইরগনি।" তাক্লক্লে য়াথং। মিহির থোঙফম পুম্নমক থিংননবা হঙ্গৎলম্নগা খোর্জ্জৈ-খোর্ব্বাক পায়খরে। ঙহাক হোৎনীঁঙাই হোৎলগা লৈরিবা মীকোক মসীং পীরক্লে। চুম্ন মীকোক্ত তাকপ নত্তে, মখোঙ-তৎপ, মমিত্তাঙবা, মনা-তৎপ, মথূৎ-য়াওদবা পূম্নমক মচা তানা তানা থারক্লে। মসীং থীহনবদা মীকোক অমা রাৎলে। অদূনা খোঙদা অনী, খূত্ত অনী, নাদা অনী হোনরে। অদূগা দিৎসীংদদি চপ-চানরে। অহুম্নক হনবদা অহুম মতারে। মিত্তদি চানবনিনা নিংথৌ চুম্ন চুম্ন করিগুম্ব অমা লৈরে হায়বা কন্ন নীঁঙদুনা "পণ্ডিত, চুম্মি হায়বদি ঐগী থম্মোইদা কন্ন মনীঙ্খরে। অদূদা মীকোক অমা, মতুং ইনবা খোঙ অনী, খূৎ অনী, না অনী ইন্ননা হোবসীদা ঐবু য়াম্ন ঙক্লে। মিত্তদি চপচানা তারি। কবিননো অমুক্তগা য়েঙ্খিসি।" অমুক্ত তাক্লক্লে য়াথং। মিহির তহ্লন হন্দুনা য়েংবদা হান্নগী হু অহুম মতারে; অহুদা করিগী হোনরিবহু হোরিবনো হায়বহুদি পুথোকপা ঙমখিদরে। মমায় ইচপমুক ঙাংদুনা মরু থোক লুকখিবা উবদা মনাক্ত ফম্নম্বী ক্ষমাবতী "আয়ুষ্মন্, ঐগী ইপুরোইবনা হঙ্গৎলিবা মশীং অসীদি খূৎহোৎ অসী য়েংবদা চুম্মি হায়বদি খঙজে। করিগুম্ব ইকাইখিবদগীরা, হাই হায়বমদগীরা, হোনরিবসীগী মরমদি পুথোকপা ঙমদরে। সনা য়াথং ফংদনা হেক হঙ্গৎপদি

রাজব্যবহার থোক্তবদা নত্তনা শাস্ত্রনা য়াদবনা সনা য়াথং অমত্তং নিজরি, ঐ অমুক্তং মেঙ্গবা ওম্বরা য়েংজগে।" হঙ্গৎলক্লে মখুৎ লোম্রন্থনা নিংথৌদা। নিংথৌনা অঙকপগা লোয়ননা য়াথং পীরবদা ক্ষমাবতী হাইফেত্ত হোৎলগা "আয়ুষ্মন্, নোংপোক থোঙ্গী থোঙনাদা কাপালিক অমা ভাদুনা রাজ-সভা য়েঁঙি। মাগী খাউদা অতূম্ব অঙাং অমা হুরক্তুনা য়াওরি। কোম্নরগনি।" হঙ্গৎলক্লে। নিংথৌগী প্রতিহারী তঞ্জৎ চৎতুনা য়েংবদা কাপালিক লৈরম্মে, মহাক্কী খাউদগী অতূম্ব অঙাং অমা পুথোরক্লে। নিংথৌ, লৈবাক, অঙম-অথৌ পূম্নমক হক্সনখিবহ্নদা পাগৎপ কাউখিহ্নুনা ইস্ হায়না তেন্নখি। ইস্ হায়বা থোনফম্ন সভা-গৃহগী থক-খা অমদি মায়গৈ মরিদা থং থং থোনয়েনরকপনা শঙন্নুংদা থোনগী থোল্লাউথোন অমা কুইনা পোকখি। থোল্লাউ-থোন অসীনা মুৎকাত্রিভৈদা মচা মাঙ্খিবদগী থোঙ্গুল তাখিদহ্নুনা অনীস্বা ফি অমা য়াওদনা মমা-ওইবী নঙা অমা চেন্সিল্লক্তুনা "রাজন্, ইচা" হায়রম্নগা নিংথৌগী ফাঙ্খোংদ তুথখরে। নিংথৌনা "অঙাংদো" সনায়াথং তাক্লবদা তনবু পুশিল্লক্তুনা য়েংহনবদা ওইরম্মে। মচা ফংবদা হরাওরবী মমাহ্নুনা "বিক্রমাদিত্যগী বিক্রমদা অধর্ম্ম চঙবা য়াবরা! মতম কুইনা প্রজা কোনবিসি আয়ুষ্মন্!" হায়না বর পীরমহ্নুনা মচা মথাদা কোন, মমায় চুরুপ চুরুপ চুপ থোকখ্রে। নিংথৌ মহৈগী ভকখিবগা অঙাং অমগী মথন্নায় কন্ মমা ওইবী অমগী অন্নাবা কোক্ল-খিবগী মুঙাইবগা অনীনা ভাওখিহ্নুনা "চুম্, সনা পুথম অচোনবা

অমা" হায়না হায়না সনা টাংবন্দগী লেঙথরক্লে। সনা পুখম পীনা পীনা "ঙসি নৌবানীবু ফংজবা নিংথৌ ঐগী মপোক ফরকপনি। মসীদি ঙসিগী অঙ্কুক মায়োক্নবদনি। মতীক চায় তৌবা নত্তে।" তাকপীরক্লে য়াথং। মনাইশিংদনা সঙ্গায় মঙ্গুংদ পুশন্দুনা পোথাহল্লুনবা তাকপীরে। ক্ষমা-মিহির অনী নিংথৌদা ভক্তি কৎলম্মগা থোকখ্রে। লৈবাক্কী মখোয়গী অঙকপা মগুণ থাগৎনভুনা লৈহৌরে।

মঙানি তরানি মতুঙ্গী রানি। মিহির মপাদা ফোঙলগে নীংলে। অদুবু চুম্ন তাকপনদি চৎলোইদৌবা উবদগী মপা মশানা খঙজরক্নবা লৌশিং তৌরক্লে। "মহাশয়, গৃহদা গৃহিণী লৈবা উদববু কৌমার-ব্রত চৎপনরা?" হংলক্লে। বরাহ ঙহাক মরু লুক্নগা "পণ্ডিত, নোংম ঐগী গৃহিণী লৈরম্মি; ইচাশু অমা পোক্লম্মি; হৌজিক্তি অমত্ত লৈত্রে।" খুম্নকই। "অনীমক মিৎন উনা লৈতবরা" হংথরক্লে। "গৃহিণীদি মিৎন উনা লৈতবনি অদুগা ইচাদি উদনা লৈতবনি। উদ্রবশু উবগুম্বনি।" সোর মপী শাংন হোন্দুনা খুম্নকই। "য়ারৌবদি য়ারৌবিগম্মু, উবগুম্বনি হায়বগী অর্থদুবু অমুক্তং শুগাইবিবা য়াগদরা?" অমা অমুক লোৎথরক্লে। বরাহ খিত্তং মুঙাইফাত্তনা "ঐনা হোৎপদা আয়ু চহী তরাদা মরে; হৌজিক্তি মহাক কায়নবা চহী তরাগা তরুক মপূং ফারে; অদুনা হায়বনি।" হায়রকই। মিহির নোকফেৎ তৌরগা "জাতক-কী লগ্নদুদি করিনিনা" অমুক্ক মহংথরক্লে। বরাহগী শাউনিংবা য়ৌশিল্লক্লে। অদুবু মবূক ফাহুনা মচাগী

লগ্ন তম্ন তাক্লকই। মিহিরনা তনহোৎ হোত্তুনা য়েংবদা আয়ু চহী চামা তারে। চহী মসীংদ খোর্জ্জেনা থিন্দুনা "মহাশয়, শিখ্রে তাকপিরিবা ইচাদো শিখ্রি য়েংবিসি, মহাক্কী আয়ু চহী চামনি" উৎলক্রে। বরাহ তাবদা খাই লাউই। মিহিরনা হোৎলিবহু য়েঁঙকপদদি চুম্মি হায়বা উরে। গত্তি লৈখিত্রহুনা "ইপাগী ইবুঁঙো, ইপা ওম্থোক্ল লাইবক থীখ্রেদা!" হায়না হায়না মখোল থোক্ল কপ্লক্রে। মিহিরনা "হিঁঙি হায়বদি খঙবিরেদনা, উন্নরবম্নু ময়ারি। কদাইদা লৈরিবা, করি তৌরিবা, উন্নরখিগদরা অমদি স্নুকউন-মউন্নররোইদরা অদুনচিংবহুম য়েংবিসি। কপ্পুহুনা করি তৌগদগে" হায়রক্রে। বরাহ চুম্মি খল্লহুনা হোৎতূনা য়েংলক্রে। "মহাশয়, ঐ ইচাসি ঐনা কোরি চক্ষুদা হাপতুনা ঈশিংদা থাধখিবনি। মহাক্ল চৎখ্রিবা পূংফম অসীদি সমুদ্র লাল্লু হায়বা তাইনা, লাল্লেনা, এঃ লঙ্কাদা লৈরেনা ......।" খোজ্জে থাদোকৃতুনা কপ্লক্রে বরাহ। মিহির থেমজিন থেমজিন্ন "অতৈহুম য়েংথবিসি, কপ্নিত্রবশু" হায়রক্রে। "লঙ্কাদা লৈত্রেনা; ভারত কারেনা; উজ্জয়িনী য়ৌরেনা! হায়।" হোৎথরক্রে বরাহ। মনাক্ত ফম্মিন্নরিদো মচানি হায়বা খঁঙবদা বরাহগী হুঁডাইবা করি হায়রুরনি। "ইবুঁঙো, ইপানা তৌবা নত্তে, বিধাতানা নহাকপু নহাক্কী তানঙমত্রবা বিছ্বা অসী পীগে ইপাদগী পূথোকৃলুবনি।" মচা কোন্দুনা কপ্লক্রে। মিহিরশু মপাগী মথবাক্ত মমায় লোত্তুনা কপ্লক্রে। মপা মচা মশক খঙনরে, উন্নরে। লৈবাক পুন্নমক

নিম্নখরে। নিংথৌগী নাকোংগু য়োরে। মু'ঙাইবিবগী খম থেংলে। বরাহগু মচাগা মমৌগা অনীমক ফংজরদুনা মু'ঙাইজরে। মু'ঙাইনা পাঞ্জরে।

মতম থরগী মতুঙ্গী রানি। নোংম নিংথৌনা সনা-মিংয়েংম তম্পনবদগী বরাহদা থরাম্মিচাক মশীং হায়বা ঙমগদরা তাকপীখি। বরাহ মহৈগী দমক মহৈ হোৎনবা নীপা নত্তে। মশাগী দমক মহৈ তৌবা নীপানি। মশানা হৈতববু হৈতে হায়বা কদাইদা ঙম্মগদগে। ঙমদ্রে। মমায় ইচপমুক ঙাংদুনা মরু লুকুনা লৈখ্রে। নিংথৌগু চীল্লান খারাল ওইনা হ'ঙু বদগী তৌরিবা মতৌ অদুদা হেক ইকাইথোকখরে। "মীনা ঙম্নফম থোক্কে হায়বা খঙনরিবনি; অদুদি কৈদগী মীনা ঙম্নগদগে হায়রগা মরোইরবা পোৎনি; ঐনসু খঙদে, হৈতে হায়বা য়াবরা মতাগুম তৌবদি নাপন তৌমল্লিদনা!" হায়না হেক খন্দাক্লুরে নিংথৌ। "খঙগা খ'ঙি, খঙদ্রগা খঙদে হায়বা পণ্ডিতকী লক্ষণ চন্দ্রবদি মমু য়ৈথেকপা তারেদনা" নাঁঙদুনা "পণ্ডিত, ঙসি তরেৎনিগী মসুংদরা সুবদরা তাকপীদবা য়াদরে।" কিৎ নমথরক্লে। বরাহ অদু ফাওবা নাপল থাবা ঙমদ্রি। ঙম্মরোইদৌবা অদুমক্তদা "হঙ্গৎকনি" হায়দুনা সভাদগী কুম্লে।

বরাহ চাদ্রে, তুমদ্রে, থক্রে। অঙাওবগুম মুরুম মুরুম সোন্দুনা লৈরে। নোংম নোংমগী মশক অসুক ওল্লি হায়বা উরে। ময়াঙ অসুক কংশিল্লি হায়বা খঙলে। মিহির মপাগী াতৌদু উবদা অকিবগা লোয়ননা মরম থিরক্লে। মচানা তোয়না

তোয়না তক্সিল্লরুবদা বরাহগু তারক্রে। মপাগী মপাউ তারবদা মিহির "অদুদি করিগু লৈতবা পোৎনি; এদবু হৈজদে, ক্ষমা-বতী দদি মিৎন কুপ্পগী থবক্লি; করিগী অচুক রাবিরুরি ?" হায়রক্রে। বরাহ স্বর্গ থুৎন লাম্ব ফংলে। প্রেপ প্রেপ ইমুংদ চঙশিনখরে। চাক খোংহুনা লৈরিবী মমৌদা "ইমা, নংবু থরাম্মিচাক মশাং তাকপা ভমগনি হায়রিবসীবু চুম্বরা ?" হঙুবে। ক্ষমাবতী "ভগবতীগী কৃপা লৈরবদি ওম্ব য়াই" হায়না হায়না চাকখোং চেগপ মনীংন উৎ মথক্ত হাইফেত্তং হোৎলগা মশাং তাক্লক্রে। মকুনা পাম্বদগী থুৎহোৎগু তাক্রে। বরাহ মুঙাইরে; চারে, থক্রে, নোক্রে; মুঙাইনা তূম-হিপ্তুনা পেথজরে।

নোঙাল্লে। নিংথৌগী সভা ক'রে। বরাহ মায়খোং মকা লাম্ন সভাদা চঙলে। নিংথৌগী য়াথং ফঙহুনা থরাম্মিচাক মশাং অপূনবদা নত্তনা অচংপগী, চত্তবগী, মখোঙ-নাইবগী, মখোঙ-নাইদবগী লোইনা মচা তানা তানা হঙ্গংলে। প্রমাণগী মশক ওইনা থুৎহোৎগু উচ্চরে। নিংথৌ ঙহাক রাখল তৌরগা "পণ্ডিত, মসাদি মশাং থীহুনা চানবা য়াবা নত্তবানিনা চুম্মি হায়বদি করম থঙকম খোকই ?" পীনরক্রে য়াথং। বরাহনা লৎকক্ত তৌরি-হৈদা নিংথৌগী ঙাংবদা হালেংদ্রবা, ঙাংনীংবদা ঙাংলবা সনা-মিৎয়েং নোককেৎ তৌহুনা "আয়ুষ্মন্, বিষ্ণাদি ক্ষমাবতীগীনি, চৈবিগে চৈবিয়ু, এ ঙরাং পোম্ন তারুহ; পণ্ডিতনা থুম্ব ঙম্মরোই।" হায়দোরক্রে। বরাহ গতি লৈত্রহুনা "অচুম্বনি আয়ুষ্মন্!" মখুৎ লোম্নরক্রে। নিংদৌ "এগী পণ্ডিতনা পণ্ডিতকা লক্ষণ চেন্দবদি

ঐ পামজদে। ঐদি হৈতে, ইমৌদগী তম্ম কপনি তাকপীরম্লবদি নিংথৌ ঐনা কয়া পেঙ্গগবা। মীগী বিদ্যানা মরুম্নাই বিদ্যা সাবা তম্ব পণ্ডিত্তি নব-রত্নগী রত্ন ওইবা মতীক চাবা রাৎবদরা নীংজে। পণ্ডিতকী আসন ইমৌদা শিন্নবিবনা চুমগদরা?" তাক্লক্লে য়াথং। বরাহ শীরে, শিরে। থিঙ্জেন তাইনবা তমত্রগা নাশিখোং তাইনবা জগৎনি। "নহান রাজসভাদা নিংথৌনা মগুণ থাগ্খিবদগী ঐগী ইহুত্ত মহাক হাপ্পীংদুনা তৌরকইবা ওাক্লি। মহাক লাকপদগী ঐগী দশা অসী থোকইবনি। ঐগী মাঙনঙাই মহাক্ত হেক লোইশিল্লগা লোইরে। নিংথৌগীশু মদূতনা চপ চাবা অমা থোকনি।" মরাল করিগু লৈজত্রবী মমৌবু মবুক্ত শীগ্খ্রে বরাহ।

মী মহৈ হেক হৈরগা জ্ঞান লৈবা নত্তে। পণ্ডিতকী মমুংদ মূর্খ কয়া য়াওরিবনি। বরাহ জ্যোতিষ বিদ্যাদা ভারতকী মায়-রোং ওইদুনা পণ্ডিত অচৌবা ওইরবসু পণ্ডিত-মূর্খগী কাঙলুপ্ত লৈরম্মে। মায়পাকপা, মায়থুবা অনীবু চাং পুবা তমথিদ্রে। মহাকী মুঙাইনবতা য়েংদুনা চচ্চরিবী মমৌগী মাঙনবা শীল্লক্লে। মহাকী পল্পরা অমগা লৌতুনরে। "ঐ মিহিরবু অহিং মপান্দ থমগে; নহাক লোন্ন ক্ষমাবতীগী কাদা শরক য়েংদুনা লান্সিনত্রগা অথেংবদা হায়ন-শীংনবা মীনা থোরকপদোনা থোত হাংদুনা চৎখো ......।" শিন্নরে।

থানিনগী অহিংনি। য়াচংবদগী হৌনা থাবম্ন কবোক পোম্ন ফজরি। মুমিদাঙ্গী চাব-থকপা লোইনরবদা ররাহনা দোলান

মতোন্দ কাখৎলগা মিহির কৌখৎলে। চন্দ্র-গ্রহণগী মরম খরা নৈনসি হায়হনা মচা ফাজিন্দুনা থমখ্রে। অসুম অম্বম ফশ্মিম-রকপনা পূং অমা হৌখি, অনী চৎখি নোংয়াই চবুক লোম্লক্লে। তাপ্পা অসীদা ক্ষমাবতীগী থোঙ লোম হাংব তারে। বরাহ মুম য়েংহনা লৈরে। মপানা য়েংবদুদা মিহিরক্ত অতুম মেঁভকই। নীপা পাখং অমা লোম কিরু কিরু য়েংলম্লগা প্রপ প্রপ শম্বন লান্দুনা চৎখ্রে। বরাহ "এঃ" হায়রম্লগা মরু থোক লুকথখরে। মিহির শ্বাই লাউ মশা থক থক নাক্রুনা রা মচেৎ অমত্ত ঙাংদনা মরু থোক লুক্রুনা অতুম ফমথরে। মপাদি ঙহাক ফম্নিঙাই ফম্মমগা "থবক পাব্রেদনা" থন মবুক হরাউনা ইমুংদা কুমথখরে। মিহিরদি অতুম লৈহৌরে।

নোঁঙাম্লে। ক্ষমাবতী হৌগৎলকপদা মশাদা অমঙ্গলগী থূদম পূম্নমক ফঁভে। থোক্লগদোরবা অরাবগী মমি মঙওহননা উরকপগা হৌগৎলকপদা অমঙ্গলগা থূদম পূম্নমক তৌবগা মবুক্রাং তয়াং-তশোয়ননা মপুরোইবগী প্রাতঃকৃত্যগী পোৎলম পূম্নমক লাঁঙম্মগা প্রপ প্রপ স্নান তৌদুনা ভগবতী পূজা হৌখরে। মুমিৎ থূদিঙ্গীদি মহাক্ক মন্ত্রগা লোয়ননা হুঞ্জিনবদা হৈ-খাগোক মনা পূম্নমক চরন্দ তপ-তপ নপ্পি। ঙসিদি মহাক্ক হুল্লকপা পূম্নমক চরন্দগী হেক হেক ওম্বে। অদু উবদা ভক্ত-ক্ষমা মিৎলু অনীদা তরঙ তরং তরং শিম্ব শিন্থনা "ইমা, করিগী ইঙ্গিত তৌরি, তাকপীরোনা।" হায়রম্লগা মমিৎ উইশিন্দুনা ভগবতী আরাধনা তৌখরে। ভগবতীনা শিৎ শিৎন তাক্রে। মশাগী অরোইবা

পূংফম নক্লে হায়বা উরে। "নচাগী অরোইবা পূজা লৌহৌরো অদূদি ইমা!" ভগবতীদা অরোইবা পূজা কৎলক্লে ক্ষমাবতী।

অমরোমদনা, শাবুক ককওমত্রবা বরাহ প্রাতঃকৃত্য তৌনা তৌনা করম্ব অরাফম ক্ষমাদা পীসিগে খল্লি। "মরোল লোম্নরিব। মরৈ অসিদা লৌরগা লোইরে।" লেপ অহিংদগী ফমন্থনা লৈরিবা মিহিরগী মনাক্ত কাখৎলক্লে। "মবুক চুমদবী মুপীগী মতীক চাবা অরাফমদি খওজবরা নহাক্তে?" তমথিরবা খোনফম্ব রৈরকই। "অমদি, ওইদবনা অওইবা সাহ্নুনা মপুরোইবা নম্নরিব অমাংব মবুক অত্তোপ্প নীপাদা ফোওদোক্লরিবা মরৈ ককপনি। শাস্ত্রগী রানি; ঐগী নত্তে। চৎলু, ধর্ম্মগী দমক অরাফম পূম্নমক পুগদবনি। নপা ঐগীশু য়াথংনি। সদ্ব্রাহ্মণ্ণ ধর্ম্মগী থবক্ত হনফদে; মপাগী য়াথংশু হিক্তোকহৈদে। মপাগী যাথংগী দমক জামদগ্ন্যনা মমা ফাওবা হাৎখ্রিবদূনি। চৎলু, থাও লৌ, ককটচো মরৈ। নঙ্গী তমথিবশুম উবা থৌরম্ব জগৎকী মঙ্গল ওইগদবনি।" খৎলক্লে বরাহগী পাপকী লৈয়েং। পাপ-চৎপ মীনা মশাগী পাপ পাওননবগী দমক ধর্ম্ম-চৎপ মী কয়া মংথোক্লে। বরাহশু জামদগ্ন্য মাংথোক্লে।

জগৎ অসীদা পাপনা পূণ্য সাহ্নুনা মী কয়া কয়া হোই। মিহির মপানা হোইরে। পাপকী থাং পায়ন্নুনা ধর্ম্মগী মরৈ ককনি চঁওক্লে। ক্ষমাবতী য়েঁওকপদা ভগবতী পূজাদা লুপ্তুনা লৈরম্মে। পাপনা পুণ্য উবদা থুক্তবা লৈতে। হৈনখ্রবা পাপীদনা থুক্ল থুক্ল নমজানথিবদনি। মিহির পাপী নত্তে; পাপকা খরদং

তাইনরুবদগী মক্সিল্লবদনি। পূণ্যগী মশক ওইবী ক্ষমাবতীগী শুন্ন মহাক্কী অতৈবা পাপ কোকখ্রে। “করিনো এৈনা ভৌরিবসীবো।” নীংহন্নরে। তাঙ্গা অতুমক্তুদা সতী ভগবতী পূজা লোইদুনা মমায় লৈথোরক্লে; মপুরোইবা উরে। “স্বামিন্! কক্লো করি নীংহন্নরি” ইপাগী য়াথং হিক্তোকহৈদে। জগৎন ফত্তবা ক্বিদম লৌখিগনি। এৈহাক ভগবতীগী কৃপাদগী লোইনা খঙলে। নহাক্ত ইপাগী য়াথং ঙাকপদা শরুক য়াবা ঙম্ব পাঙ্গল পীনৌ হায়দুনা ইমাদা নীরম্মিবনি; পীনরে।” হায়রক্লে ক্ষমা। “ক্ষমা, এৈ লাল্লে; এৈগী থন্নায়না এৈনা তৌরুরিবসী লাল্লে হায়না লেপ্পুনা লাউরে। মীওইবগী অমম্বনা ঙহাক কুপ্পুরে; এৈবু কল্লু ক্ষমা!” মখোন থক থক নীক্তুনা হায়জরক্লে সতীদা। “নশাগী ইশাগী দমক হিংব নত্তে, জগৎকী দমক হিংবনি। ইপাগী শাবুক্কী হিদাক লৈররোই; মহাক্কুম্ব পণ্ডিতকী শাবুক মচা ওইবা এৈখোয়না কোকহন্দ্রবদা জগৎকী কল্যাণ লৈররোই! লাউ, চঁঙকউ, জগৎ কল্যাণগী দমক কক্লো এৈগী লৈয়েংং। মচা অতৈ অমা পোকচন্দ্রবা ইপা, ইমা অনীগী মুংশিবা, সনা-লঙ্কাগী সিংহাসনগী মায়া, ইরৈবাক্কী প্রেম লোইনা কক্তুনা নতুং ইঙ্গরক্রবী ক্ষমা ঙসি সহধর্ম্মিণীগী ফমফম নিরি স্বামিন্!” মখুৎ লোম্নদুনা হায়রক্লে ক্ষমাবতী। মিহির ময়াক্রে। “ইপাবু কল্লু, নীঁঙমদবা মৈ চু, মহাক্কী শাবুক মৈদা আহুতি কৎলু” তত্ব কয়া মপুরোইবদা নীংসংলক্লে সতী। মিহির থাং চপ্পিদরে। “অদূদি নহাক্কী তৌফম থোকপা পিতৃ উদ্ধারগী দমক ক্ষমানা

নহাক্কী থোংগাই পু ইশানা ইশাগী ইরৈ কক্কুনা পীরবনি।"
হায়না হায়না ভগবতীগী কৃপাণ পায়খৎ মরৈ কক্কুনা থাধরম
তুথখরে লৈমায় থক্ত

ক্ষমাবতী।

পুরে মপুরোইবগী থোংগাই পিতৃ-উদ্ধারগী,
উৎলে ভারত-লৈমরোন্দ থোংগাই মুপী ওইবিগী।



# মরোল

## চিন্তামণি

মৃগয়া—শা তানবা ( শজিবু মৃগ কৌই অহৃগা থায়নগী নিংথৌশিংনা শজি শঙাই তানবা চৎপনা মুঙাইবা খোঙকম অমসু অহৃগা খুৎলাই ওঁরাইবসু ওইনরম্বনা শজি শঙাই তানবা চৎনৈ অহূনা শাদানববু মৃগয়া হায়নৈ )। তপোবন—লাইনীংকম (উমংগী অচিকপা মফম অমদা মুনিনা লাইনীংফম শেম্বা মফমবু তপোবন কৌই)। তপস্যা—লাইনীং। বৎস—ইচা। তাত—মপা মচাদা অহৱসু অঙাংনসু কৌনবা মিংগৌ। কোক-থোংনগনি—কোক্তা থোংহূনা পুগনি। মুক্তি—কোকপা। মাতৃ—ইমা। মৈনংনৈ—মৈচংনৈ। যোগনা—লাইগী শক্তি চিংশিন্দুনা। কৃথরক্লে—কূমথরক্লে। অর্ঘ্য—পূজাগী পোৎলম। সংকল্প—লেপ্পা। শাপ—মীচৈ। অধর্ম্ম—ধর্ম্ম নত্তবা। রাজ্যদি—লৈবাক্তি। সম্পোৎ—পোৎলোই। বংশগী—শাগেগী। মর্য্যাদা—ইকাই খুম্নবা। লৈমা—রাণী। স্বামিন—ইপুরোইবা (কৌবদা শিজিন্নবা মওং)। সহধর্ম্মিণী—মতু (ধর্ম্মগী থবক্ত লোয়নৈ হায়হূনা মুপীবু সহধর্ম্মিণী কৌই)। সনা টাংবল লাংঙম—নিংথৌ ওইরম্বা। টাংবল-নাপ্ল ম্যরম্বী—মহারাণী ওইরম্বী। পঙ্ক—নথেল। বারানসী—কাশী। দেহ—হকচাং। নাইকম—নাইকোন। নাকপাক—শরুক, মচি। মাররোং—নাপন। ভারত-লৈমরোনগী—ভারত মুপীশিঙ্গী।

---

## সীতা

নিংথৌ অথৃবা—যুবরাজ। অভিষেকী—নিংথৌ হাপ্পগী, ঊশিং হৈবগী।

লৈমা অথুবী—অনীশুবী লৈমা। শঙ্কায়—লৈম নিংথৌ য়ুম। লাঙ্গেয়ৈঙে—লান চৎপদা থৌগন তৌবা। থৌগনপাউ—নিংথৌগী পাওচৎপা মী। য়াইফরম—য়াইফবা মরম। টাংখন—সিংহাসন। মাঙনাইবা—মাংবা নাইবা। ফীরোয়—ফিজেৎ। মনাও ইবেম—নিংথৌগী অমসুং মচা ইবুংঙোগী মুপীদা অচথনা কৌনবা মিজৌ। জানকি—জনকা পোকই হায়রুনা সীতাগী মমিং জানকীসু কৌই (কৌবদা শিজিন্নবা মওং)। দণ্ড-কারণ্য—দণ্ডক কৌব উমং। তপ—লাইনীংবা। মঙ্গল কামনা—য়াইফ-নবা নীংবা। রাজলক্ষ্মী—কোনুং কোইবী লাইরেম্বী (য়ুমজাও লাইরেম্মা)। হোম—মন্ত্রগা লোইননা মৈদা থীনচিংবা দান কৎপা। হোমাগ্নি—হোম কৎনরিবা মৈ, যজ্ঞগী মৈশেং। পূর্ণাহুতি—অরোইবা হোম। হেদৌনজব-গুম—কেনজবগুম, সুংঙাইনজবগুম। মৈথিলী—মিথিলা-নিংথৌগী মচা-মুপীনি হায়রুনা সীতাগী মমিং মৈথিলীসু কৌই। থোল্লে—শেৎলে। লেংঙে—চৎলে। বৈদেহী—সীতা (মিথিলাগী মমিং অমা বিদেহসু কৌই অদুনা বিদেহগী নিংথৌ মচামুপীনি হায়রুনা বৈদেহীসু কৌই)।

---

## থম্বা

অতিথি—য়ুমদা লাকপা মী। কুশগী ফক—কুশনা শাবা ফক। চায়শিল্লক্লে—থেংজিল্লক্লে। নগরদা—সহরদা। মৈথক নেৎতুনা চৎলক্লে—থুনা চৎলক্লে। দয়া—থৌজাল। অশকপা পোৎ— পোৎ মহুৎ। তাংথক নাইবা হকচাং—থবাক। তাংথক নামা—থবাক নামা। ফৌবোম—থাওরবা লৌ লেঙ্গোল অমা। অন্নাফম—দণ্ডি, পাপ। নখোনক্ল-রগে—নখো পোক্লরগে। তাংথক তেক্লক্লে—থবাক কক্লক্লে। ভগবন—ঈশ্বর (কৌবদা শীজিন্নবা মওং)।

---

## পদ্মাবতী

স্থত—শাথোবা শাগৈ। চেন্নরকপা—লোয়নরকপা। চাকভঙ্গ—চাকপা ভঙ্গ। মক্লবস্থ—মোৎলবস্থ। কিদা অদুম মফজ্ঝি—ফমফম ফজ্ঝি। জামদগ্ন্য—মুনি অমগী মমিং (পরশুরাম—জমদগ্নিনা পোকই হায়দুনা জামদগ্ন্য কৌই)। তেনগাপ-তেন্থা—তেন মকাপ তেন মথা। হিমাদ্রিগী—হিমালয়গী। পালবা—লংলবা। মচু লোক্লগে নীং—মচু শেংহল্লগে নীংদুনা। পারণগী—চরা হেল্লবগী মতুংদা অহানবা চাবগী। আয়ুষ্মন—পুংসিবা (নিংথোদা কৌনবা মিঙ্গৌ)। লুক্কক্কজরবা—নোক্লক্লবা। লীক্ল ্ভৎপা—হৈক্ল ভৎপা। দান-যজ্ঞ—দানগী থবক (ঈশ্বরগী উদ্দেশ্যদা তৌবা থবকপু যজ্ঞ কৌই অদুনা দানস্থ যজ্ঞ অমনি হায়দুনা দানযজ্ঞ হায়বনি)। মায়াগী—পংথবগী (অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা পংথবনচিংবা মীগী প্রকৃতিদা পোকইবশিং অসি ঈশ্বরগী মায়া-শক্তিনি হায়নৈ অদুগা জগৎ অসিস্থ ঈশ্বরগী মায়ানি)। মম্যুরমাল্লে—জ্ঞান মাংভ্রমাল্লে স্থং-.শায়ন-বিগমু---চিংনবিগমু। লৈতারবী---লৈপাক্তা তারবী। লৈশংবনা---লৈকোন শেনবনা। লৈঙাক---লৈ ঙাকপা চৈ। যূপকাষ্ঠ--উচুপ (যজ্ঞদা বলিদানগী শা পুন্নবা উচূপপু যূপকাষ্ঠ কৌই)। যজ্ঞেশ্বর---যজ্ঞগী মপু।

---

## ক্ষমাবতী

জ্যোতিষ---পাঞ্জিগী মহৈ। খোর্ব্বাক---মথক্তা উৎফুল চাইথোক্লগা ময়েক ইননবা উবাক। খোড়্জে---খোর্ব্বাক্তা ইননবা চৈ। লগ্ন---থেনফম। তাংথক্লবা---অকুৎ অতোং নাইবা। তালোয়---মতু। সৌদাগর---লল্লোনবা। অশ্বিনীকুমার---স্নমিৎকী মচানিপা অনিগী মমিং। কাপালিক তন্ত্র শাস্ত্রগী লম্বোইবা মখল অমা (কাপালিকশিংনা কালীদা মী

পূজা কৎলি)। প্রতিহারী····থোংঙাকপা। বিক্রমদা····মথৌনাদা। চুম····নিংথৌগী লনটৈগ পাম্নবা। কৌমার ব্রত···ধর্ম্ম অমগীদমক হুপী থিদবা। গৃহিণী····হুপী। সনা-মিৎয়েং····নিংথৌগী পোথাক্কম ওইবা মী। স্বর্গ থুংন লাম্ব ফংলে····হুংঙাইরে। প্রমাণগী····থুদমগী। থুৎহোৎও····হোৎপগী মরমও। আসন····ফিদা। শীরে····শীদোক্লে। থিংঙেন····শোয়রেল। নাশিখোং····ইথৈমচা। শরক····অহাংবা মতম। হায়ন-শীংনবা····হুংশিনবা। কবোক পোক্ক ফজরি···কবোক পোকপদোনা ইঙৌ ঙৌনা ফজরি। মঙওইননা উরকপগা··· মঙদা ফাওরকপগা। প্রাতঃকৃত্যগী—অয়ুকী তৌগদবা থবক্কী। তরঙ····পী। শাবক····শাগী পুকচেন। সদ্‌ব্রাহ্মণ···অফবা ব্রাহ্মণ। হোই····হোইহুনা পুই। কল্যাণ····য়াইফবা। আহুতি····হোম। তত্ত্ব···অচুম্বা মরম। থৌগাই···মথৌ। কৃপাণ···থাংশাং। পিতৃ উদ্ধারগী····মপা কন্নবগী।



